প্রমাণ— আহার শুদ্ধৌতু চিত্ত শুদ্ধি,

চিত্ত শুদ্ধৌতু ধ্রুবা স্মৃতি: ।।

(হারিত স্মৃতি:)

ভাবার্থ— আহার চিঙ্গাক অফব চারবদি চিত্ত শুদ্ধি ওই, থম্মোয় শেংই, থম্মোয় শেংলবদি ''ধ্রুবাস্মৃতি:'' লেঙদ্রব ৱাখল্ ফংই, অশেংব ৱাখলতনা ঈশ্বর ফংই। বৈষ্ণব পরম হংসনি। বৈষ্ণবকী হৃদি শ্রীকৃষ্ণগী মন্দিরনি। বৈষ্ণবকী গুণ চাউখরে, মপান নাইদে, বৈষ্ণবকী থম্মোযবু চেল্লবদি জাৎ বিজাৎকী থাক ৱাংমদ লৈখরে।

তেন্তক্র ৱারী মতেক্ অম :—

''শ্রীরাম লক্ষ্মণ সীতা বিয়োগকী অৱাব পুদুন বন মথং মথং লাকপদ নিযাদপতি গুহক চণ্ডালগী লমদমদ য়ৌরমই।'' শ্রীবাম সীতা, লক্ষ্মণ পিতৃ আজ্ঞা পালনগী অয়োধ্যা থাদোক্কুনা লেঙ্ভলকলে, শ্রীরাম লক্ষ্মন দর্শন অমুক্তং ফংজব, মাগী নাম শোল্লবদি মপোক কয়ামুক্কী পাপ কোকই হায়দুনা অত্রিমুনিনা লাউথোকপ তাবদগী গুহক চণ্ডাল উ মরুমদ থুপ্পুন শ্রীবাম দর্শন ঙাইরমই। শ্রীরামচন্দ্রন গুহকগী মনাক্তা চংশিল্লমই মরুপ লাও কোন্নসি হাযবদ ''প্রভু ননাইদি অতোনবা শোক্র শম্লব য়াদব জাতিনি, হাযন খুমজবমই। শ্রীরাম্না ''ঐগী মিংদি শোনবা য়ারগ মিং অদুগী হকচাং করিগী শোক্রব য়াবোই হায়দুন শ্রীরাম্ন গুহকগা কোন্নাখ। অসিগুম্ন শ্রীরামগী উদার চরিত্রবু প্রশংসা তৌদুন শ্রীব্যাস দেবন মহাক্কী অধ্যাত্ম বামাযণদ অসুম্ন ইবমই:-

পুংস্ত্বে স্ত্রীত্বে বিশেযো বা
জাতি নামাশ্রমাদয়ঃ।
ন কারণং মদ্‌ভজনে, ভক্তিরেব হি কারণং।।
নিপাসু ওইসনু
নুপীসু ওইসনু
তোঙান্ন খন্দে, জাতিপাতি
থিদে— ঐবু নীংব, ভক্তি লৈব
অদুতন কারণ-নি
(অধ্যাত্মরামায়ণ আরণ্যকাণ্ড)
শববী ভিল্নীগী ''ঝুঠে বের'' শবরীন মহাং
তংলব বোরোই শ্রীবাম্না হাখি।
বৈষ্ণবকী মহিমা কনান হায়ব ঙমগনি!!

কিং বহুনা?

জয়!

''গুরু, কৃষ্ণ বৈষ্ণব''

# মলচান্দ্রমাস অমদি সংকল্প

**দব্লিউ হোমেন্দ্রো সিংহ।**

জ্যোতিষাচার্য্য (এম এ), সিদ্ধান্তফলিতৌ।

লেকচরর, দ্বিজমণি দেব শর্মা সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়, শঙ্গাইপাৎ।



পূর্ণিমাগী ঈংলবা, নীংথিজববা থাজবু উবদা নমু তাইবং কনাগী উনবী পূক্লিংবু হূদবগে ? মসিমক্তনা পূর্ণিমা মতূং ১৬ নি পানবদগী হৌবগা মথং পূর্ণিমাদা লোইবা (lunar month) চান্দ্রমাসগী থাজং লৈবি। অদুগা শূক্র মমলবা, মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অমাবস্যাগী অথেংবা অতিংদা অকি-তূজুং পোকপসি মীওইবগী হৌনশানি। মসিনা মবম ওইদুনা অমাবস্যা মতূং নোংমা পানবদগী হৌবগা মথংগী অমাবস্যাদা লোইবা চান্দ্রমাসকী থাজং অমসূ লৈবি। অহানবা চান্দ্রমাস মখলসিগী অহানবা তংখায়দি কৃষ্ণপক্ষনি, অকোনবা তংখায়না শুক্লপক্ষনি। অসিগুম্না থাজংসি গৌণচান্দ্রমাস কৌই। উত্তর প্রদেশ, বিহার, মধ্য প্রদেশ, রাজস্থান অমদি অরাং-নোংচূপ ভারতকী শরক্তা গৌণচান্দ্রমাসকী থাজং অসি চংনৈ। অদুগা অকোনবা চান্দ্রমাস মখলসিগী অহানবা তংখায়দি (শুক্লপক্ষ) পানখৎলকপা থাখায়নি, অকোনবা তংখায়না (কৃষ্ণপক্ষ) শিথবকপা থাখায়নি। থাজং মখলসিনা মুখ্যচান্দ্রমাস হায়না খঙনৈ। মহারাষ্ট্র, গুজরাট, অন্ধ্রপ্রদেশ, কর্ণাটকা, মণিপুরনচিংবা লমদা মুখ্যচান্দ্রমাসকী থাজংসি শীজিন্নৈ। তশেংবা lunar month কী থাজংদি মুসলিম ইচিন-ইনাওশিংনা চপ-চানা শীজিন্নৈ। অদুগা ভারতবাসীশিং মকুওইনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপশিংনা শীজিন্নরিবা চান্দ্রমাস মখল অনিমকসি (Inter Calary month) মলচান্দ্রমাসনা (Solar month) সৌরমাসগা মরী লৈননা ঋতু তোংবগী মতূংইন্না চাশিন্নবা (luni-solar) সৌরচান্দ্রমাস মখল অমনি।

রবিগ্রহনা থা খূদিংগী রাশি চক্রগী রাশি অমমমদা লৈদুনা রাশিচক্রসি অমুকং কোয়বদা (solar year) সৌরবর্ষ অমা চঙই। রবিগী খোঙচৎ অসিদগী ঋতু তকক্লা থৌগনবা মালেম পৃথিবী অসিগী অইং-অশা, নোংজু-নুংশা থায়রিবনি। মবমশিং অসিদগী চৈত্র নত্রগা বৈশাখ থাদা চহি হৌবা সৌরমাসগী থাজংসূ তামিলনাড়ু, কেরলা, আসাম, বেঙ্গল, হরিয়াণা, পঞ্জাব, উড়ীসানচিংবা মফমশিংদা চৎনৈ।

সূর্য্যদেব ভগবান, নোংমদোন কোবৌ হনবনা অযুক অঙানবদা নোংমদোন অতিয়া তন্না হাইগৎলকপদা তাইবং মীওইবনা সূর্য্যদেববু পূজা কৎনরি। মবম অসিনা মালেম পৃথিবীসিদা অমম-অঙান থায়রিবা সূর্য্যদেবনা থোক্লপা মতম (সূর্য্যোদয় কাল) দগী মথং নুমিৎকী সূর্য্যোদয়কাল ফাওববু (সাবনদিন) কোবৌ নোংমা কৌই। নুমিৎশিংবুম কুম্বানা সাবনমাস অদুগা অসিগুম্না সাবনমাস তরানিথোইনা সাবনবর্ষ অমা শাই। রাহৈ অমবোমদা নুমিৎ শিংবুম ৩৬০ না (সাবনবর্ষ) চহি কুমজা অমা শাই।

মুখ্যচান্দ্রমাস, গৌণচান্দ্রমাস, সৌরমাস অমদি সাবনদিন, সাবনমাসনচিংবসি ভারতবাসীশিংনা সংস্কার কর্ম্মশিং, পর্ব্বদিনগা মরী লৈনবা ব্রত-উপবাস, পূজা, প্রায়শ্চিত্ত তৌবা, তন্ত্রনচিংবগী থৌরমশিং পাঙথোকপগী নুমিৎ মশক লেপ্পা, সংকল্পনচিংবদা অমদি মীওইবগী পুন্সিদা থোক্লবা য়াবা অৱা-অনা, গ্রহগী দশাগী প্রতিকার/শান্তি বিধান তৌবদা তঙায়ফদনা শীজিন্নৈ।

চহি কুমজা খুদিংগী মণিপুর সনা লৈবাক্কী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী মণি-মন্দিরদা পাঙ্থোক্লিবা চৈথাবগী থৌরমসি সৌর চৈত্রমাসগী অরোইবা তারিখতা পাঙথোক্লরি। মরম অসিমক্তনা করিগুম্বা কুমজাদা শজিবুগী থাজিন্দা চৈথাবগী থৌরমসি পাঙথোক্লবদি মথংগী কুমদদি চাউরাক্লা থাবান ১১ রোম চোঙ্না শজিবুগী থায়ায়দা পাঙথোকই। মথংদা অমুক্কা থাবান ১১ রোম চোঙ্না শজিবুগী থামৈদা চৈথাবগী থৌরম পাঙথোকই। মথং মরিরকশুবা কুমদদি থাজিন্দা পাঙথোকপা থাবান অদুদগী চাউরাক্লা থাবান ৩৩ রোম হায়বদি থা অমগী মতুংদা কালেন থাদা চৈথাবা তারকই। মরম অসিনা মলচান্দ্রমাস শম্না মলমাস হায়না খঙনবা অতেনবা থা অমা হাপচিন্দুনা চান্দ্রমাস তবাহুমদোইনা চান্দ্রবর্ষ (lunar year) অমা শাই। মলচান্দ্রমাস অসিবু অধিকচান্দ্রমাস হায়নসু খঙনৈ। অমবোমদা পুরুষোত্তম ওইরবা (শ্রীবিষ্ণু ভগবান) শ্রীহরিনা মনাই ভক্ত প্রহ্লাদবু কনবিনবগীদমক দশাবতারগী মনুংদা মবিরকশুবা অবতার ওইনা আবির্ভাব ওইবিদুনা হিরণ্যকশিপুবু মলচান্দ্রমাস মনুংদা বধ তৌবিখিবদগী মলমাসবু পুরুষোত্তমমাস হায়নসু খঙনখি।

মলমাসগী মতাঙদা নৈনদ্রিঙৈদা অহানবদা সৌরমাস, অনিশুবদা মুখ্যচান্দ্রমাস অমদি গৌণচান্দ্রমাস অদুগা অহুমশুবদা সৌরমাস অমদি চান্দ্রমাসশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরীশিংগী মতাঙদা হায়না নৈনহৌবা দরকারবনি। অহানবদা চৎলিবা শকাব্দ ১৯২৯ (ইং শোক ২০০৭-০৮) গী সৌরমাস ১২ গী নুমিৎ মশীং, দৃগসিদ্ধান্ত পঞ্জিকা অমদি প্রাচীনপন্থী (অসংস্কৃত) পঞ্জিকা অনিমক্কী মোত মতুংইন্না থা খুদিংগী অহৌবা নুমিৎকী ইংলিস কেলেন্দবগী তারিখশিং লোয়নননা সৌরমাস খুদিংদা রবিনা লৈবা রাশিশিং য়াওনা অহানবা টেবলদা উৎলি।

| সৌরমাস (Solar month) | রবিনা লৈবা রাশি | দৃগসিদ্ধান্ত পঞ্জিকা ইং ২০০৭-০৮ | | প্রাচীন পন্থী (অসংস্কৃত) পঞ্জিকা ইং ২০০৭-০৮ | |
|---|---|---|---|---|---|
| | | নুমিৎ মশীং | থা হৌবা তারিখ | নুমিৎ মশীং | থা হৌবা তারিখ |
| ইং শোক ২০০৭ | | | | | |
| বৈশাখ | মেষ | ৩১ | এপ্রিল ১৫ | ৩১ | এপ্রিল ১৫ |
| জ্যৈষ্ঠ | বৃষ | ৩১ | মে ১৬ | ৩১ | মে ১৬ |
| আষাঢ় | মিথুন | ৩১ | জুন ১৬ | ৩১ | জুন ১৬ |
| শ্রাবণ | কর্কট | ৩১ | জুলাই ১৮ | ৩২ | জুলাই ১৮ |

| সৌরমাস (Solar month) | রবিনা লৈবা রাশি | দৃগসিদ্ধান্ত পঞ্জিকা ইং ২০০৭-০৮ | | প্রাচীন পন্থী অসংস্কৃত পঞ্জিকা ইং ২০০৭-০৮ | |
|---|---|---|---|---|---|
| | | নুমিৎ মশীং | থা হৌবা তারিখ | নুমিৎ মশীং | থা হৌবা তারিখ |
| ভাদ্র | সিংহ | ৩১ | আগষ্ট ১৮ | ৩১ | আগষ্ট ১৯ |
| আশ্বিন | কন্যা | ৩০ | সেপ্টেম্বর ১৮ | ৩০ | সেপ্টেম্বর ১৯ |
| কার্ত্তিক | তুলা | ৩০ | ওক্টোবর ১৮ | ৩০ | ওক্টোবর ১৯ |
| অগ্রহায়ণ | বৃশ্চিক | ৩০ | নভেম্বর ১৭ | ২৯ | নভেম্বর ১৮ |
| পৌষ | ধনু | ৩০ | ডিসেম্বর ১৭ | ৩০ | ডিসেম্বর ১৭ |
| ইং শোক ২০০৮ | | | | | |
| মাঘ | মকব | ২৯ | জানুযারী ১৬ | ২৯ | জানুযারী ১৬ |
| ফাল্গুন | কুম্ভ | ৩০ | ফেব্রুয়ারী ১৪ | ৩০ | ফেব্রুয়াবী ১৪ |
| চৈত্র | মীন | ৩০ | মার্চ ১৫ | ৩০ | মার্চ ১৫ |
| বৈশাখ | মেষ | ৩১ | এপ্রিল ১৪ | ৩১ | এপ্রিল ১৪ |

**অহানবা টেবল**

অহানবা টেবলদা দৃগসিদ্ধান্ত অমদি প্রাচীন পন্থী পঞ্জিকা মখল অনিগী মতৃংইন্না সৌরমাসগী অহৌবা নুমিৎ মান্নদবা অমদি থাশিংবু শারিবা নুমিৎ মশীং মান্নদবনা চপ মান্নবা ইংবাজী তারিখ, থা অমত্তদা পোকপা মীওইবশিংগী জন্ম কোষ্ঠিদা সৌবগী তারিখ খেন্নবা, পঞ্জিকা খেন্নবগী মতৃং ইন্না ববিনা লৈবা রাশি ফাওবা খেন্নবসু য়াওরকই।

মুখ্যচান্দ্রমাস অমদি গৌণচান্দ্রমাস অনিগী থাজৎকী মতৃং-ইন্না শুক্ল পক্ষদদি চান্দ্রমাস অনিগী থা মমিং অমত্তনি। মুখ্যচান্দ্রমাস বৈশাখ হৌগদবা (থা মখায) তিথি ১৫ গী মমাঙদা গৌণচান্দ্রমাস বৈশাখ হৌই। ৱাহৈ অমদা গৌণচান্দ্রমাস হৌবা তিথি ১৫ গী মতৃংদা মুখ্যচান্দ্রমাস হৌই। খুদম ওইনা গৌণচান্দ্রমাস চৈত্র হৌবা তিথি ১৫ গী মতৃংদা মুখ্যচান্দ্রমাস চৈত্র হৌই। মরম অসিনা গৌণচান্দ্রমাস চৈত্র লোইগদৌবা তিথি ১৫ ৱাৎলিঙৈদা মুখ্যচান্দ্রমাস চৈত্র হৌই। মণিপুরদা luni solar গী থাজৎ শীজিন্নরবসু সৌরমাসকী থাজৎমক্তি চপ চানা চৎনদবনা সৌরমাস অমগী থা মমিংগী চানবা ৱাহৈ মৈতৈলোন্দা অর্থ হন্দোকপা য়ারোই। মণিপুরদা মুখ্যচান্দ্রমাসকী থাজৎ মপৃং ওইনা চৎনবনিনা মুখ্যচান্দ্রমাসকী থা মমিংশিং মৈতৈলোন্দা চানবা ৱাহৈদি লৈরবসু গৌণচান্দ্রমাসকী থা মমিংগী মৈতৈলোন্দা চানবা ৱাহৈশিং লৈরোই। অদুমকপু মৈত্রবাক্তা খঙনবা পর্ব্বদিনশিংগী মমিং মৈত্রবাক্কী থা মমিং অমদি থাবানগা চানবা চান্দ্রমাস মখল অনিমক্কী থা মমিং, পক্ষ অমদি তিথিগা লোয়ননা অনিশুবা টেবলদা উৎলি।

| পৰ্ব্বদিন | থা অমদি থাবান | পক্ষ অমদি তিথি | মুখ্যচান্দ্রমাস | গৌণচান্দ্রমাস |
|---|---|---|---|---|
| শ্রীরামচন্দ্রজন্ম তিথি | শজিবু ৯ | শুক্লা নবমী | চৈত্র | চৈত্র |
| শ্রীসীতাজন্ম তিথি | কালেন ৯ | শুক্লা নবমী | বৈশাখ | বৈশাখ |
| শ্রীনৃসিংহ চতুৰ্দ্দশী | কালেন ১৪ | শুক্লা চতুৰ্দ্দশী | বৈশাখ | বৈশাখ |
| শ্রীসাবিত্রী চতুৰ্দ্দশী | কালেন ২৯ | কৃষ্ণা চতুৰ্দ্দশী | বৈশাখ | জ্যৈষ্ঠ |
| স্নান যাত্রা | ইঙা ১৫ | শুক্লা পূর্ণিমা | জ্যৈষ্ঠ | জ্যৈষ্ঠ |
| (রথ যাত্রা) কাং | ইঙেন ২ | শুক্লা দ্বিতীয়া | আষাঢ় | আষাঢ় |
| ঝুলন হৌবা | থৱান ১১ | শুক্লা একাদশী | শ্রাবণ | শ্রাবণ |
| শ্রীকৃষ্ণ জন্ম | থৱান ২৩ | কৃষ্ণাষ্টমী | শ্রাবণ | ভাদ্র |
| শ্রীরাধাজন্ম | লাংবল ৮ | শুক্লাষ্টমী | ভাদ্র | ভাদ্র |
| দীপান্বিতা | মেরা ৩০ | কৃষ্ণা অমাবস্যা | আশ্বিন | কার্ত্তিক |
| নিঙোল চাকৌবা | হিয়াঙ্গৈ ২ | শুক্লা দ্বিতীয়া | কার্ত্তিক | কার্ত্তিক |
| শ্রীগীতা জয়ন্তী | পোইনু ১১ | শুক্লা একাদশী | অগ্রহায়ণ | অগ্রহায়ণ |
| মাঘস্নান হৌবা | ৱাকচিং ১৫ | শুক্লা পূর্ণিমা | পৌষ | পৌষ |
| মাঘস্নান লোইবা | ফাইরেল ১৫ | শুক্লা পূর্ণিমা | মাঘ | মাঘ |
| শ্রীসরস্বতী পূজা | ফাইরেল ৫ | শুক্লা পঞ্চমী | মাঘ | মাঘ |
| শ্রীশিবরাত্রি | ফাইরেল ২৯ | কৃষ্ণা চতুৰ্দ্দশী | মাঘ | ফাল্গুন |
| য়াওশং (দোল যাত্রা) | লমতা ১৫ | শুক্লা পূর্ণিমা | ফাল্গুন | ফাল্গুন |
| বারুণী স্নান | লমতা ২৮ | কৃষ্ণা এয়োদশী | ফাল্গুন | চৈত্র |

## অনিশুবা টেবল

অনিশুবা টেবলদা উৎলিবা খূদমদা মুখ্যচান্দ্র চৈত্রবু শজিবু অমদি মুখ্যচান্দ্র বৈশাখপু কালেন কৌনৈ হায়বসি খঙলে। অদুগা অমুকসু শ্রীরামচন্দ্রজীগী জন্মতিথি শজিবু ৯ নি পানবসি মুখ্যচান্দ্রমাস অমদি গৌণচান্দ্রমাসকী থাজৎ অনিমক্তা চৈত্র শুক্লা নবমীনি। মতৌ অসুম্না শ্রীসীতাজীগী জন্মতিথি কালেন ৯ নি পানবসিসু থাজৎ অনিমক্তা বৈশাখ শুক্লা নবমীনি হায়বা তশেংলে।

সাবিত্রী চতুৰ্দ্দশী ব্রত অমদি নৃসিংহ চতুৰ্দ্দশী ব্রত অনিমক মথংশিংনা কালেন থাগী পানখৎলকপা অমদি শিথরকপা তিথি ওইবনা গৌণচান্দ্রমাস থা মমিং খেন্নরবসু মুখ্যচান্দ্রমাসদদি বৈশাখ থা ওইবি। পূর্ণিমা মতূং ১৪ নি কোনবা নৃসিংহ চতুৰ্দ্দশীনা গৌণবৈশাখমাস ওইরগা অমাবস্যা মতূং ১৪ নি পানবা

সাবিত্রী চতুর্দ্দশীনা গৌণজ্যৈষ্ঠমাস ওইরবি। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণজন্মব্রত থৱান ২৩ নি পানবসিগা শ্রীরাধাষ্টমী ব্রত লাংবন ৮ নি পানবগা মৈতৈ থাজত্তা থৱান অমদি লাংবন (মুখ্যচান্দ্রমাসদা মথংশিংনা শ্রাবণ অমদি ভাদ্র) থা ওইরবসু গৌণচান্দ্রমাসকী থাজৎকী মতুং ইন্নদি ব্রত নুমিৎ (পর্ব্বদিন) অনিমক ভাদ্র থা ওইরি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ফাল্গুন পূর্ণিমাদা পোকই হায়দুনা মৈতৈলোন্দা ফাইরেল থাদা পোকই হায়না অর্থ হনবা য়াদে, লমতা থাদা পোকই হায়ফম থোকই।

ভচক্রভ্রমণং নিত্যং নাক্ষত্রং দিনমুচ্যতে।
নক্ষত্রনাম্না মাসাস্তু জ্ঞেয়াঃ পর্ব্বান্ত যোগতঃ।।
কার্ত্তিকাদিষু সংযোগে কৃত্তিকাদি দ্বয়ং দ্বয়ম্।
অন্ত্যোপান্ত্যৌ পঞ্চমশ্চ ত্রিধা মাসত্রয়ং স্মৃতম্।।

মথক্তা উৎলিবা শ্লোক অসি সূর্য্যসিদ্ধান্ত কৌবা জ্যোতিষকী লাইবিক্কী মানাধ্যায় (১৪শুবা অধ্যায়) দগী লৌথোরকপনি। পৃথিবীনা মশাগী পৃংজৈ (axis) তা ডিগ্রি ৩৬০ উংবদা চঙ্লিবা মতম্না নাক্ষত্রকাল (sidereal day) কৌই। পূর্ণিমা নুমিত্তা রাশিচক্রদা লৈবা নক্ষত্র (থৱানমিচাক) ২৭ কী মনুংদা চন্দ্রনা হেক হেক লৈরবা য়াবা নক্ষত্রগী মমিংদগী চান্দ্রমাসগী মমিং থোল্লিবনি। পূর্ণিমা লোইবা মতমদা চন্দ্রনা নক্ষত্র অদুগী মমাঙ নত্রগা মতুংগী নক্ষত্রদদি অয়াপ্পা থাদা লৈগাল্লি। নাফমসি মখেক শেংনা খঙননবা অহুমশুবা টেবলদা নক্ষত্র মমিং, চান্দ্রমাসগী মমিংগা লোয়ননা চান্দ্রমাসকী মমিং লৌবিবা অকক্কবা নক্ষত্রশিংগী মপাদা তারকা চিহ্ন (Star symbol) সু উৎলি।

| মথং মনাও | নক্ষত্র (থৱানমিচাক) | চান্দ্রমাস | মথং মনাও | নক্ষত্র (থৱানমিচাক) | চান্দ্রমাস |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | * কৃত্তিকা, রোহিণী | কার্ত্তিক | ৭ | * বিশাখা, অনুরাধা | বৈশাখ |
| ২ | * মৃগশিরা, আর্দ্রা | মাগশীর্ষ / অগ্রহায়ণ | ৮ | * জ্যৈষ্ঠা, মূলা | জ্যৈষ্ঠ |
| ৩ | পূনর্ব্বসূ, * পুষ্যা | পৌষ | ৯ | * পূর্ব্বাষাঢ়া, উত্তরাষাঢ়া | আষাঢ় |
| ৪ | অশ্লেষা, * মঘা | মাঘ | ১০ | * শ্রবণা, ধনিষ্ঠা | শ্রাবণ |
| ৫ | * পূর্ব্বফল্গুনী, উত্তরফল্গুনী, হস্তা | ফাল্গুন | ১১ | শতভিষা, * পূর্ব্বভাদ্রপদ, উত্তরভাদ্রপদ | ভাদ্র |
| ৬ | * চিত্রা, স্বাতী | চৈত্র | ১২ | রেবতী, * অশ্বিনী, ভরণী | আশ্বিন |

**অহুমশুবা টেবল**

মুখ্যচান্দ্র কার্ত্তিক্কী পূর্ণিমা লোইবদা চন্দ্রনা কৃত্তিকানচিংবা নক্ষত্র অনিগী মনুংদা অমদা লৈরবা য়াই। লোয়ননা কার্ত্তিক থাদগী ৫ শুবা থা ফাল্গুন, কার্ত্তিক্কগী শীবকপদা অরোইবা হায়বদি ১২ শুবা

থা আশ্বিন অমদি অরোইবগী হেক মথক (উপান্তিম্) ভাদ্র হায়রিবা চান্দ্রমাস অহুমগী মপাদা নক্ষত্র অহুম অহুমখক লৈবা অহুমশুবা টেবলদা উৎলি। অতৈ থাশিংগী মপাদনা নক্ষত্র অনি-অনি উৎলি। অদুবু করিগুম্না থাশিংদা পূর্ণিমা নুমিত্তা Star Symbol পীরিবা নক্ষত্রগী মমাঙ নত্রগা মতুংগী নক্ষত্র মপাদা চন্দ্র লৈরবস্ য়াওই।

গণিতজ্যোতিষকী নিয়ম মতুং ইন্না চান্দ্রমাস খুদিংগী পূর্ণিমাগী পুংফম হেক মপুং ফাবগা রাহৈ অমরোমদা মুখ্যচান্দ্রমাস হেক হৌবগা রবি অমদি চন্দ্র অনিসি ডিগ্রি ১৮০ থাপ্পনা রাশি চক্রদা লৈ। রাশি খুদিংগী রাশি চক্রদা লৈফম অমদি মথং মনাও অকক্লনা লৈ। মরম অসিনা পূর্ণিমা মতমদা চন্দ্রগী লৈফম খঙলবনিনা রবিগী লৈফম রাশিস্ খঙ্লে।

মুখ্যচান্দ্রমাস হেক হৌবদা রবিনা লৈরিবা রাশি রাহৈ অমরোমদা সৌরমাসগী মতুংইন্না চান্দ্রমাসকী মমিংস্ লৌগনি। রবিনা মেষ রাশিদা লৈরিঙৈদা অমাবস্যা লোইদুনা শুক্লা প্রতিপদ হৌরক্লগা চংথবকপা মুখ্যচান্দ্রমাস অদু বৈশাখনি। মরমদি রবিনা মেষ রাশিদা লৈরিঙৈদা সৌরমাস বৈশাখ ওইফম থোকই। মৈতৈ থাজন্তা কালেননি।

অমাবস্যা নুমিত্তা রবি অমদি চন্দ্র অনি রাশি চক্রদা পুন্না লৈমিন্নৈ। খরা কুপথনা হায়বগনা অমাবস্যাগী পুংফম মপুং হেক ফাবগা রাশি চক্রদা রবি অমদি চন্দ্রগী গ্রহস্ফুট চপ মান্নদুনা চন্দ্র অমদি রবিনা লৈরবিবা রাশি অমদি থরানমিচাক অনিমক চপ-মান্নফম থোক্লে। রবি অমদি চন্দ্রনা মেষ রাশিদা অমাবস্যা মতমদা লৈরবদি হৌখিবা মুখ্যচান্দ্রমাস অদু চৈত্রনি। মৈতৈ থাজন্তা শজিবুনি। রাফমসি খরা ময়েক শেংনা হায়বা তাববদি থাশি (অমাবস্যা) লোইদুনা শুক্লাপ্রতিপদ চঙবদা ওইবিবা সৌরমাস অদুগী মমিংগা মথং তিথি কুন্থ্রা চংথবক্কদৌবা মুখ্যচান্দ্রমাসকী মমিংগা মান্নগনি। রাফম অসিমক ব্যাসকী বচন্নস্ তাক্লি।

> "মীনাদিস্থো রবির্যেষামারম্ভ প্রথমক্ষণে।
> ভবেত্তেঽব্দে চান্দ্রমাসাশ্চৈত্রাদ্যা দ্বাদশ স্মৃতাঃ ।।"

রবিনা মীনরাশিদা লৈরিঙৈদা মুখ্যচান্দ্রমাসগী শুক্লা প্রতিপদ হৌরবদি থা অদু চৈত্র ওইগনি। মতৌ অসুন্না মথং মথং চান্দ্রমাস ১২ গী মমিং থোনগনি।

চৎলিবা কুম অসিগী হৌখিবা ইঙা মলমাস থাগা মবী লৈননা সৌরমাস বৈশাখ, জ্যৈষ্ঠ, আষাঢ় অমদি মুখ্যচান্দ্র, গৌণচান্দ্রনচিংবা মলচান্দ্র মাসশিংগী হৌফম ময়েক শেংনা অহানবা খুৎয়েক্তা উৎলি। খুৎয়েক অসিগী মতুংইন্না (মলচান্দ্র জ্যৈষ্ঠ) ইঙা মলমাস অসি সৌবজ্যৈষ্ঠ থাগী মনুংদা লৈ হায়বা খঙলে। অতোপ্পা রাহৈদা হায়রগা সৌরমাস জ্যৈষ্ঠগী মনুংদা অমাবস্যা অনি লৈরে। হায়রিবা মলচান্দ্রমাস জ্যৈষ্ঠ থাদা রবিনা রাশি হোংদে, বৃষ রাশিদা লৈ হায়বসিমসু তশেং-তশেংলে।




**অহানবা খুৎয়েক**

অহানবা খুৎয়েক অসিদা মুন্না য়েংশিনবদা গৌণচান্দ্র জৈষ্ঠ মাসগী অহানবা থাখায় কৃষ্ণপক্ষ অসিনা মলমাসগী মমাঙদা লৈ। অদুগা গৌণচান্দ্রমাস অসিমক্কী অকোনবা তংখায় শুক্লপক্ষদি মলমাসগী হেক মতূংদা লৈ। শুদ্ধ মুখ্যচান্দ্র মাস জ্যৈষ্ঠ অসিমক সৌবআযাঢ় মাসদা রবিনা মিথুন বাশিদা লৈরিঙৈদা হৌরক্লগা অয়াম্না থাগী তিথিশিংদি সৌরআযাঢ থাদা থোক্লরি। মসি পূম্নমক্কী মরমদি চান্দ্রমাসদগী সৌরমাসনা শাংবা হেল্লি। অদুবু চাংচত্তা চান্দ্রমাস অমনা নুমিৎ ২৯.৫৩ ওইরগা সৌবমাসনা নুমিৎ ৩০.৪৫ দগী নুমিৎ ২৯.৪৫ ফাওবা শাংবা য়াওই। পৌষ নত্তবা থাশিংদা মলমাস থোকপদি য়াই অদুবু অগ্রহায়ণ অমদি মাঘ থাদসু মলমাস থোক্লন্দে। করিগুম্বা চান্দ্রমাস অমদা রবিনা রাশি তোংদ্রবদি হায়বদি চান্দ্রমাসনা সৌরমাসদগী হেন্না শাংবা মতমদা ক্ষয়মাস হায়বা চান্দ্রমাস মখল অমসু মরক-মরক্তা থোকই।

হৌখ্রবা চহী খরদা লোয়ননা লাক্কদৌবিবা চহি খরদা চহি ১৯ গী Block অহুমখক্কী মলমাস তাবা কুমশিং অমদি মলমাস থাগী মমিং নির্মলচন্দ্র লাহিড়িনা ইবা Advanced Ephemeris for hundred years from 1951 to 2050 দগী লৌখৎলি। মরিশুবা টেবলদা ইং শোক ১৯৭২, ১৯৯১ অমদি ২০১০ দা চহি ১৯/১৯ কান্নরগা বৈশাখ (কালেন) থাদা মলমাস থোকই হায়বা উৎলি। অদুবু ইং শোক ১৯৮৩ দা ফাল্গুন (লমতা) থাদা মলমাস থোকখ্রগা মতূং তাবা চহি ১৯ অমদি চহি ৩৮ গী মতূংদদি হায়বদি ইং শোক ২০০১ অমদি ২০২০ দদি মলমাস থাসি আশ্বিন (মেরানি) হায়বসূ উৎলি।

| খৃষ্টাব্দ | ১৯৭২ | ১৯৭৪ | ১৯৭৭ | ১৯৮০ | ১৯৮৩ | ১৯৮৫ | ১৯৮৮ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মলচান্দ্রমাস মৈতৈ থা | বৈশাখ কালেন | ভাদ্র লাংবন | শ্রাবণ থৱান | জ্যৈষ্ঠ ইঙা | ফাল্গুন লমতা | শ্রাবণ থৱান | জ্যৈষ্ঠ ইঙা |
| খৃষ্টাব্দ | ১৯৯১ | ১৯৯৩ | ১৯৯৬ | ১৯৯৯ | ২০০১ | ২০০৪ | ২০০৭ |
| মলচান্দ্রমাস মৈতৈ থা | বৈশাখ কালেন | ভাদ্র লাংবন | আষাঢ় ইঙেন | জ্যৈষ্ঠ ইঙা | আশ্বিন মেরা | শ্রাবণ থৱান | জ্যৈষ্ঠ ইঙা |
| খৃষ্টাব্দ | ২০১০ | ২০১২ | ২০১৫ | ২০১৮ | ২০২০ | ২০২৩ | ২০২৬ |
| মলচান্দ্রামাস মৈতৈ থা | বৈশাখ কালেন | ভাদ্র লাংবন | আষাঢ় ইঙেন | জ্যৈষ্ঠ ইঙা | আশ্বিন মেরা | শ্রাবণ থৱান | জ্যৈষ্ঠ ইঙা |

মরিশুবা টেবল

মরিশুবা টেবলদা মখা তানা যেংবদা চহি ১৯ কান্নরগা মলমাসশিং থোক্লকবসু মলমাস ওইরিবা থাদি খেন্নবা য়াওরকই হায়বসি খঙলে। ইং শোক ১৯৭৭ তা শ্রাবণ (থৱান) দা মলমাস থোকখ্রগা ইং ১৯৯৬ তা (আষাঢ়) ইঙেন থাদা মলমাস থোকখি, মথংদা ইং ২০১৫ দসু ইঙেন থাদা মলমাস থোক্কনি হায়বসি খঙলে। তশেংবদি অঙ্কগী ওইবা ৱাফমদা য়েংলগদি পৃথিবীনা নুমিৎপু কোয়বদা য়েরুম মওং মানবা (Orbit) লম্বীদা চৎপগা লোয়নননা (Sun) নুমিৎসি Centre দা লৈতে মতাই অমদা Focuss হায়না খঙনবা মফমদা লৈ।

মরমসিনা পৃথিবীগী খোঙজেলসি য়াঙবা-তপ্পা নাইরিবনি। Summer Solstice জুন ২১/জুন ২৩ গী মনাক নক্লা পৃথিবীনা নুমিত্তুগী থাপ্পা লৈবদা পৃথিবীগী খোঙজেল তপ্পা মরন্না বাশি অমগী ডিগ্রি ৩০ চৎপদা নুমিৎ ৩০ হেন্না চংই। মসিগী ওন্না তৈনবদা Winter Solstice ডিসেম্বব ২২/ডিসেম্বর ২৩ গী মনাক নক্লা পৃথিবীনা নুমিত্তু খাইদগী নক্লা লৈবনা পৃথিবীগী খোঙজেল য়াঙবা মরন্না ডিগ্রি ৩০ চৎপদা নুমিৎ ৩০ ফাদে। চাউরাক্লা জুলাই ১ অমদি জানুয়ারী ১ গী মনাক্লা পৃথিবী অসি নুমিত্তুগী খাইদগী থাপ্পা অমদি নক্লা লৈবা Aphelion নত্রগা Apogee অমদি Perihelion নত্রগা Perigee গী মফমশিংনি। মতমসিদা পৃথিবীনা গ্রহশিংগী ময়ায়দা লৈবা Geo centric ৱাহৈদা (Sun) রবিগী খোঙজেলসি মথংশিংনা খাইদগী তপই অমদি য়াঙই। মরম অসিনা চান্দ্রমাসদগী হেন্না শাংবা অমদি চান্দ্রমাসদগী হেন্না তেনবা সৌরমাসশিং লৈরিবনি।

মথংদা সংকল্পগী মতাঙদা ৱাফম খরদং শন্নপ্পা নৈনজরি। নুমিৎ থোকপা মতৃং মিনিট অমা লৈরগা করিগুম্বা তিথি অমা হোংলবদি মতৃং তাবা নুমিত্তুগী পৃং অয়াম্বদি মথংগী তিথি ওইববসু নুমিৎ থোকপা মতমদা ওইখিবা থাবান্দুমক নুমিত্তুগী থাবান ওইনা লৌবা চৎনরি। মতৌ অসুন্না অহিং নোংয়ায়

মতৃংদা রবিনা রাশি হোংখ্রবদি নোংঙাল্লগসূ রবিনা মথংগী রাশিদা হোংলবসূ সৌরমাসদি হোংদনা লৈহনবা চৎনরি। ৱাফম অনিসিমক্ চৎনবী ওইদুনা লৈরবসূ সংকল্পগী মতাঙদদি মতম-মতমগী ওইবা থাবান অমদি সৌবমাস নত্রগা চান্দ্রমাসগী মশক মূন্না খঙলগা শীজিন্নদবা য়াদে। মরমদি করিগুম্বা (কাম্য কর্ম্ম) অপান্বা থবক অমা তৌজবা নত্রগা (তিথি বিহিত) অফবা থাবান্দা তৌবা নত্রগা অফবা সৌরমাসদা তৌবা নত্রগা অফবা (তারিখ) সংক্রান্তিদা তৌবা থবক ওইববদি বিবাহনচিংবা সংস্কার কর্ম্মশিং, দীক্ষা, ব্রত-উপবাস, কাম্যকর্ম্ম, প্রায়শ্চিত্তনচিংবা তৌবগী মহৈ ফংনবা দবকাব লৈবা মাস মমিং নত্রগা তিথি নত্রগা সংক্রান্তি অদু সংকল্প তৌবদা পনফম থোকই। খুদম ওইনা পল্লবদা সৌরচৈত্র থাদা বিবাহ কর্ম্ম পাঙথোক্লবদি কন্যাদু মদন-উনমত ওই হায়বদি কামদা পৃক্লিং লূপ্পী। অদুগা সৌর পৌষ থাদা বিবাহ তৌরবদি আচারভ্রষ্টা ওই হায়বদি লমচৎ নাইদবা ওই। অদুগা বৈশাখ, জ্যৈষ্ঠনচিংবা সৌরমাসশিংদা বিবাহ তৌরবদি স্ত্রীপতিব্রতা (মপুরোইবা নিংবী নুপী) ওই, ঐশ্বর্য্যানা তিনবা ওই। মরম অসিনা বিবাহনচিংবদা সৌরমাসকী মমিং অমদি রবিনা লৈরিবা রাশিগী মমিং সংকল্পদা পন্নরিবনি। খুদম— ''বৈশাখে মাসি মেষরাশিস্থে ভাস্করে'' হায়দুনা সৌর বৈশাখ থাদা রবিনা মেষ রাশিদা লৈরিঙৈদা বিবাহ কর্ম্ম তৌই হায়বসি পন্নরিবনি।

তিথি অফবা খল্লগা তৌবা কাম্য কর্ম্ম নত্রগা পর্ব্বদিন, ব্রত-উপবাসকী থৌরমশিংদা তিথি পনবা তাবনা গৌণচান্দ্রমাসগী মশক তাক্নুনা সংকল্প তৌবা দবকাব লৈ। মবম অসিনা শ্রীকৃষ্ণজন্মাষ্টমী ব্রতগী সংকল্পদা ''বিষ্ণুরোঁ তৎসদদ্য ভাদ্রেমাসি কৃষ্ণে পক্ষে রোহিণী নক্ষত্রযুক্তাষ্টম্যান্তিথৌ... হায়দুনা করিগুম্বা রোহিণী নক্ষত্র তিনবা থাবান ওইরববদি থরানমিচাক ফাওবা য়াওনা সংকল্পদা পনগনি। মতৌ অসুম্না শ্রীরাধাষ্টমী ব্রতগী সংকল্পদা ''বিষ্ণুরোঁ তৎসদদ্য ভাদ্রেমাসি শুক্লে পক্ষে অষ্টম্যান্তিথৌ ...'' হায়না গৌণচান্দ্রমাস, পক্ষ অমদি তিথি মমিং পনবা চৎনরিবনি।

তিথি অমদি সৌরমাস মশক নাইদবা হায়বদি গ্রহপূজা তৌবা, তন্ত্র, প্রায়শ্চিত্তনচিংবদা মুখ্যচান্দ্রমাস পনগনি। সংকল্প তৌবদা পনগদৌবা মাস মখল, তিথি, সংক্রান্তি, মন্বন্তর, যুগ, কল্পনচিংবা অকৃপ্পা কয়াসু লৈরি।

অরোইবা ওইনা মলচান্দ্রমাসনা থোকহনবা ৱাফম্ খরদং পঞ্জরি। কনাগুম্বা মীওই অমা মলমাসগী কৃষ্ণ পক্ষদা মৃত্যু ওইরবদি মথং চহিদা মলমাস থা অদুগা মমিং মান্নবা চান্দ্রমাসকী কৃষ্ণ পক্ষদা মৃত্যু তিথিদা সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ পাঙথোকই। অদুগা মলমাস লোইখ্রগা হেক মথংগী শুদ্ধচান্দ্রমাস অদুগী শুক্ল পক্ষগী তিথি অমদা মৃত্যু ওইরবদি মথং চহিদা শুক্ল পক্ষদা চান্দ্রমাস অদুগী মৃত্যু তিথিদা সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ পাঙথোকনৈ। মতাঙ অসিদা খঙজিনবা য়াবা ৱাফমদি মলমাস থাগী কৃষ্ণপক্ষদা হান্না লৈখিদবগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ (অসি য়ামদ্রবদা থা মখায়গী মতুং কোনবা) শুদ্ধমাসগীদি শুক্ল পক্ষদা লৈখিদবগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ পাঙথোকখ্রবা মতৃংদা পাঙথোকই।

মলমাসকী মমাঙদা থা অহুম/মরিগী মমাঙদা পোকপা অঙাঙগী অন্নপ্রাশন চউম্বদা অঙাঙ নুপা নত্রগা নূপীগী সাবনমাস মশীং থীবদা মলমাস থাদুসূ সাবনমাস ওইনা লৌগনি। চান্দ্রমাসগী থাজত্তা পাবা চৎনরোই। করিগুম্বা মলমাস থা অদুমক্তা অন্নপ্রাশন, গর্ভাধান, পুংসবন্নচিংবগী মুখ্যকাল থোক্লবদি মলমাস ওইরবসূ পাঙ্থোক্কনি। মলমাস থাদা পাঙথোকপা য়াই। অদুমকপু মলমাস থাদা কাম্য কর্ম্মশিং পাঙ্থোকপদি চৎনদে। অদুগা গৌণকালদদি সংস্কার কম্মগী থৌরমশিং পাঙ্থোক্লদে। অমরোমদা বিবাহ, উপনয়ণ, চূড়াকরণ অসিনচিংবা সংস্কার কর্ম্মশিংদি মলমাস মনুংদা পাঙ্থোক্লদে।

নুমিৎ খূদিংগী পাঙথোকপা স্নান, সন্ধ্যা, শিবপূজানচিংবা মলমাস মনূংদা পাঙথোকপা তাই। নৈমিত্তিক অমদি কাম্য কর্ম্ম অসি হান্না হৌখ্রবদি মলমাস মনূংদা চথবা য়াই অমদি মলমাসদা লোইশিনবা য়াই। হান্না সংকল্প তৌখ্রবা শ্রীমদ্ভাগবত সপ্তাহ পাঠকী অরোইবা ৭শুবা নুমিত্তু মলমাস ওইরবসু পাঙথোকপা কায়দে। শ্রাবন থাদা তৌখ্রবা চাতুর্ম্মাস ব্রত কার্ত্তিক মলমাস থাদা পাঙথোকপা অমদি লোইশিনবা য়াই। মরম অসিনা মলমাস থাদা পাঙথোকপা য়াবা নত্রগা য়াদবা কর্ম্মশিং মশক মুন্না খঙবা দবকারনি। অদুগা লাক্কদৌবা মথং চহিদা মলমাস থোক্কদবা/থোকলোইদরা হাযবসু মাসিক শ্রাদ্ধগী মশীং থীবদা দরকার লৈ। ❑

# “প্রণব ওঁ”

নিংথৌজম খোলো সিংহ



প্রণব ওঁ গী মশক খঙবদা লুনা থোকই। ওঁ গী তত্ত্ব অসি য়াম্না লোম্না থুপ্পা লৈ। অদিষেস, উমানচিংবনা ফাওবা ওঁ গী মশক শেংনা খঙদে হায়। ব্রহ্মা কৌবা লাই মহাক্কী মচিন্দগী ওঁ থোকলকই হায়রিবা অদুসু ওঁ গী অর্থ চুম্না হনবা ঙমদে হায়দুনা স্কন্দ (কার্তিক) না মঙোন্দা ইকাইবা পীখি। কার্তিক্না ব্রহ্মাবু মাগী আশ্রমদা পুন্দুনা থমখি। কাইনা থংদা শিবনা থাদোকহনখি। হিন্দুগী পুরাণশিং, উপনিষদ্‌শিং অমসুং, তন্ত্রনচিংবদা ৱারীগী করিগুম্বা মতাং মতাংদা ওঁ গী মরমদা নৈনৈ। সংস্কৃতদা “অ” অমসুং “উ” হায়বা ময়েক অনি অসি অমতা ওইনা তিনর্শিন্নখিবা মতমদা “ও” হায়বা অসি থোকলকই, অদুগা “ম্” হায়বা ময়েক অসি “ও” দা তিনর্শিনখিবা মতমদা “ওঁ” থোকলকই। অ কার (অ) হায়বা খোন্থাং অসি থোকলকপা মতমদা লৈগী অমসুং খৌনাউগী মথক থংবা শকক, খোন্থাংগী হৌরকফম্নি হায়বসিগা থেংনদে। উ-কার (উ) গী খোন্থোক থোক্লকপা কান্দা ভৌগী অহৌবা অমসুং অবোইবা শরুক য়ৌবা ফাওবদা মখোল অসি ঙংলদুনা থোক্লকই। ম-কার (ম) গী খোন্থাংদদি চিনবান মথক মখা অনি অসি উমশিন্নবদগী ওইরকই। মবম অসিনা ওঁ না লোন পুম্নমক্কী অমসুং খোন্থাং পুম্নমক্কী হৌরকফম্নি হাযবিবনি। অ-কার, উ-কার অমসুং ম-কার অহুম পুনর্শিন্নববু তুরীয় কৌই। ওঁ গী কোকথক্তা বিন্দু, বীজ শক্তি অমসুং শান্তি হাযবা মরি অমসু লৈরি হায। অকোনবগী মবি অসিদি যোগীশিংনা ধ্যানদা লূপশিল্লকপা কান্দা ধ্যানদগী ফাওরকপা ভাবনানি হায়। ওঁ গী মওং শিনবা মশক্না “ওঁ” না ওই। শকওং অসিগী মমায়গী শরুক্তা অকোনবা অনি লৈ। মথক্কী অকোনবনা ‘অ’ নি ‘ভূঃ’ নত্রগা ভুবঃ লোকনি, পৃথ্বীনি। মখাগী অকোনবনা “উ” নি, নত্রগা ভুব লোকনি, অন্তঃরিক্ষ, নুমিৎগা পৃথ্বীগা অনিগী তাইনবা মরক্তা লৈবা মালংগী লমনি। অকোনবা অনিসিগী শম্নফম নাকন্দা শামুগী মনাত্তোন মান্না কোনবা অমা থিন্দোক্লক্লি। মসি ‘ম’ নি স্বঃ নি, স্বর্লোকনি, শামু মনাতোন্দগী ঙংলগা থোক্লকপা মখোলগুম্বনি। শামু মনাতোন মান্না কোনবা অদুগী মথক্তা অকোনবা মচা অমা লৈবগা ময়াইদা বিন্দু অমা লৈরিবদু চন্দ্রবিন্দু (অনুস্বার) নি। নাকোংনা তাবা ফংবা মখোল অদু লৈত্রবা কান্দা অঙংবা মখোল অমা অদুম ঙংদুনা লৈহৌরিবদুনি। কাঁশি খিংবা লেপত্রবা মতুংদা মখোল অমা অদুম ঙংদুনা লৈহৌবগুম্মী। অসিগুম্বা ঙংবগী খোন্থাং অর্দ্ধমাত্রা (মাত্রা তঙ্খায় নত্রগা মাত্রা য়াওদবা) দগী থোক্লক্লিবা অসি নাদ ব্রহ্মগী খোন্থাংনি, শব্দব্রহ্মনি। হায়রিবা বাণী অসি সংসাবগী মায়া কুয়োমগী ৱাংমদা নত্রগা তূরীয়গী থাক্তা লৈবা পবম ব্রহ্মগী মশক অদুনি।

ওঁ বু ঋগ্ বেদনা লৌরিবা কলহংসগী মশক অদুনি হায়। 'অ' না ওঁ গী য়েৎথংবা মশানি 'উ' না ওইথংবা মশানি, 'ম' না মমৈনি অদুগা অৰ্দ্ধমাত্ৰা (অনুস্বার) না মাগী মকোকনি। অহানবা মাত্ৰাগী দেবতানা অগ্নি অনিশুবা মাত্ৰাগী দেবতানা বায়ু অহুমশুবা মাত্ৰাগীনা অরংবা নুমিৎকী মঙাল্লা চাকথেক্লা ঙাল্লিবদুনি, অদুগা মরিশুবা অৰ্দ্ধ মাত্ৰাগী দেবতানা ঈশিংগী-লাই বরুণনা ওই। ( নাদবিন্দু উপ: )

ওঁ বু মচি মরি লোংবা, মখোং অহুম পানবা, মকোক অনি লোংবা অমসুং মখুৎ তরেৎ পানবা, মচুনা অঙৌবা ওইবা, মখোলনা হৌনা লাউনা খোঙবা কাওরেন শল্লবা অমগী পাংখকনি হায়না ঋগবেদ ৪। ৫৮। ৩ মহানারযণ উপ: ১২। ১০ না হায়। অসিগুম্লা শল্লাবগী শকওং অসিদি তাইবং মীওইবনা উদবা মশক্লি। শল্লাবগী অহৌবা মখোল্লা যাগ-যজ্ঞদা বেদ অহুম পাঠ তৌবগী মখোলনি হায়। করিগীদমক বেদনা, শ্রুতিনা ওঁ গা শল্লাবগা চাংদমনরিবনো হায়বসিগী মরম নৈনরুবা তারবদি য়াম্লা পাক চাউখ্রগনি।

'ওঁ' করম হায়না থোক্লকই হায়বসিগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা ৱারী কযা লৈখ্রে। ওঁ তৌবকপগী মতাংদা ৱাফম অমা অনিদং লৌখৎচগে। প্রকৃতি, পুরুষ নত্রগা প্রকাশ বিমর্স (স্ফুর্ত্তি) হায়না অনি অসিনা মলিন ওইবদগী 'অহম্' (puse supreme Blissful consciousness) হায়বা খোল্লাং অমা থোক্লকই। থোক্লক্লিবা খোল্লাং অহ হ-হ-হ-অহ অহ হায়বসিগী মনুংদগী অহানবগী খোল্লাং 'অহ' গা ওঁ গী অনুস্বারনি হায়বা বিন্দু 'অম্' অসিগা তিনশিন্নবগা অহ + অম্ (অহম্) **ওইরকই। 'অহ' না** ক্রিয়া শক্তিনি অদুগা, 'অহ' না জ্ঞান শক্তিনি হায়বা তাকই। অনি অসিগী অপুনবা **খোল্লাং ওইরকপা** কান্দা 'ওঁ' ওইরকই। অ-কার (অ) + উ-কার (উ) = ও; ও + ম্ -- কার (ম্) = **ওঁ ওইরকই। ওঁ** সোহমনি হংসনি। ''সোহম্'' ময়েক্তগী ''স'' ময়েক অমসুং মরক্কী ময়েক 'হ' অনি **অসি লৌথোক্লবদি** লেমহৌবা ও + ম্ (ওঁ) তাহৌবে। ওঁ গা 'তৎসৎ' গা অমত্তনি, সৎ-চিৎ-আনন্দনি।

পরম ব্রহ্মনা মতোমতা লৈবা নুংঙাইত্রদুনা খুৎশেমগী থবক পায়খৎনিংলকপা কালদা ধ্যানদা লুপ্তুনা লৈরম্মী। মঙোন্দগী ময়েক অহুমখক চোংথোক্লক্লম্মী। ব্যাহৃতি অহুম, মখোঙ অহুম পানবা গায়ত্রী, বেদ অহুম, দেবতা অহুম অমসুং মৈ অহুম চোংথোক্লক্লম্মী। (শাণ্ডিল্য উপ: অধ্যায় ৩)।

ব্রহ্মানা নোংমা, ধ্যানদা লুপ্তুনা লৈরিঙৈদা মহাক্কী থম্মোয়নুংদগী খঙহৌদনা মখোল অমা থোক্লক্লম্মী। অদুগুম্না অচম্বা খোল্লাং নত্তবা লাইগী ওইবা খোঞ্জেন অদুদগী ময়েক অহুম্না তিনশিল্লগা শাবা **ওঁ থোক্লক্লম্মী**। ব্রহ্মানা হায়রিবা ময়েক অহুম অ-কার, উ-কার অমসুং ম-কারদগী ময়েক খুদিংমক পুথোকপা হৌরক্লম্মী অদুগা মহাক্কী মচিন্দগী বেদ মরি থোক্লহল্লম্মী (ভাগবত পুরাণ ১২। ৬-৩৭। ৪৪)।

য়েলহৌঙৈগী মতম তাইবংপান অসি শেমদ্রিঙৈগী মমাংদা ইহান হান্না খোল্লাং অমনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শীনবা থুংনা ঙংদুনা লৈরম্মী। খোল্লোক অসি প্রণব ; ওঁ - কার ধ্বনিনি। ওঁ গী খোল্লাংনা ঙরং ঙরং ঙংদুনা জগৎ ব্রাহ্মাণ্ড অসি শীনবা থুংনা কোয়নিন নিল্লক্লবা মতমদা বিন্দুসু চোংথোক্লক্লম্মী।

অতোপ্পা লাইরিক্কা হায়বনা শব্দ অসিনা কুংশিল্লক্লবা মতমদা বিন্দু অমা ওইখি হায়। মসি পরম বিন্দুনি। বিন্দু অসিনা চাংজৌ নাইদবা পাক্লবা শক্তিগী ঈপাক, লুবনা মরেপ তানবা ফংদবা অমা জগৎ অসি শেম্নবগীদমক ভগবানগী মশাদগী চিংথোক্লম্মী। বিন্দু অসিদা জীবগী মরু হুন্নবগী শক্তি তুংদুনা লৈ। রস পূম্নমক্কী তুংনফম ওইবা আনন্দগী স্বরূপনি। কল্পগী অরোইবা মতম লাক্লবদা পূম্নমক বিন্দু অসিদা তিনশিনখিগনি। ওঁ দগী অহানবা থোক্লকপা খোম্লাং অসিদা লেঙবা ওৎপা হৌরকই। অসুম্না লেঙবা ওৎপা তৌবা অসিদগী অহাঙবা অকাশ ওইরকই। অকাশতগী নুংশিৎ, নুংশিৎতগী মৈ, মৈদগী ঈশিং ঈশিংদগী পৃথ্বী, পৃথ্বীদগী চীঙ্গাক পোক্লকই। চীঙ্গাক অসি ব্রহ্মানি, কুইরবনি। আকাশতগী খুৎশেম ওইরকই হায়বসি ছান্দোগ্য উপ: ৬। ২। ৩, তৈত্তরীয় উপ: ২। ১। ৩ অমসুং শিব সংহিতা ৬৯-৭৭ নচিংবদা তাকই। অসিগুম্না খোম্লাংদগী ওইরকপা খুৎশেম অসিবু শব্দ সৃষ্টি হায়না খঙনৈ। অতোপ্পা খুৎশেমগী মওং অমনা অর্থ সৃষ্টি হায়না কৌই। অচৎপা, চত্তবা পোৎশক কয়ামরুম অমসুং তত্ত্বশিংগা মরী থম্নরবা কালদা ওইরকপা খুৎশেম্মু অর্থ সৃষ্টি হায়না খঙনৈ।

ওঁ বু প্রণব হায়নসু খঙনৈ। করিগীদমক ওঁ বু প্রণব কৌরিবনো? প্রণব কৌরুবগী মরমদি অসিনি—প্রাণ পূম্নমক্না ওঁ দা মঙক নোল্লগা (প্রণময়তি) কোংয়াং ব্রাশাং, তাবগুম তাদুনা লৈ হায়বদগী প্রণব কৌই। বেদ-দেব যোনি ওইবা ওঁ গী গর্ভদা বেদশিং দেবতাশিংনা চংদুনা লৈ হায়বদগীসু ওঁ বু প্রণব কৌই। (অথর্ব্ব শিখা উপ:) অৱাবা, অকিবা কয়াদগী ওঁ না ঙাকথোকপী হায়বদগীসু ওঁ বু প্রণব কৌই। অতোপ্পা মরম অমনা প্রাণনা ঊনশাগী মনুং ফাওনা চংলগা হকচাংগী মফম খুদিং শীনবা থুংনা লৈবগুম ওঁ না খোম্লাং খুদিংদা চংলগা লৈ। খোম্লাং পূম্নমক্কী হৌরকফম মমাদি ওঁ না ওই। মখোল পূম্নমক্কী অপূনবা শকওং ওঁ না ওইবনা প্রণব হায়না খঙনৈ।

প্রণবগী মখল য়াম্মী। ওঁ দা য়াওরিবা তোঙান তোঙানবা মাত্রাশিংগী মতুংইন্না ওঁ গী মমিংসু তোঙাল্লি। মাত্রা অহুম্না হায়বদি 'অ' 'উ' অমসুং 'ম' না শারগা সমাহার প্রণব কৌই। মাত্রা মরিনা শারগা সৃষ্টি প্রণব হায়না খঙনৈ। মাত্রা নিপান্না পুনশিল্লগা শাবা অদুগা খোম্লোক্না অমত্তা ওইনা থোক্লকপা অদুবু অন্ত:প্রণব কৌই। মাত্রা নিপান অদুদি-অ-কার, উ-কার, ম-কার অর্দ্ধ মাত্রা নাদ, বিন্দু, কলা অমসুং শক্তিনি। মাত্রা অ-কার (অ) অসি শরুক লীশিং তরা থোক্না খায়দোকই ; উ-কারনা (উ) শরুক লীশিং অমা থোক্না, ম-কার (ম) না শরুক চাম থোক্না খায়দোকই ; অদুগা অর্দ্ধ মাত্রাদনা মশীং খঙবা ঙমদনা মাত্রা কয়ামরুম্না পুনশিল্লগা শায় হায়। (নারদ পরিব্রাজক উপ:)। মাত্রা মরি অমসুং মাত্রা নিপানগী অপূনবা শরুক ওইবা প্রণবপু উভয়াত্মক প্রণব হায়না খঙনৈ। ১০৮ না পুনশিল্লগা শাবা ওঁ বু ব্রহ্ম প্রণব হায়না খঙনৈ। ব্রহ্ম প্রণব অসি প্রণব মখল নিপান্না পুনশিল্লগা শায়। প্রণব নিপান অদুদি সংহার, সৃষ্টি, অন্ত: যাবৎ, ব্যাবসারিক, আর্শ, বিরাট অমসুং অর্দ্ধ মাত্রানি। মাত্রা খুদিংগী তোঙান তোঙানবা দেবতা লৈ। মাত্রা তরানিপাননা শাবা ওঁ গী খোম্লাং অমসু লৈ হায়। খোম্লাং অসিদি য়াম্না শাংনা হোন্দোক্লকপদা মতম চংই হায়। ওঁ গী শকওং অসি অকুপ্পা অমসুং অপৌবা হায়দুনা অনি

থোকই। অকুপ্পা ওঁ গী শকওং অসি জীবন মুক্তশিংগীনি হায়না শিব পূরাণ অধ্যায় ৭/৯ দা তাকই। ওঁ গী মথক্তা ফল্লিবা অনুস্বারগী মশক অসি যোগীশিংদনা খঙই, অতৈনা খঙবা ঙমদে হায়।

ওঁ পরব্রহ্মগী মশক্তি। হিরণ্যগর্ভগী মশকসু ওঁ না ওই। মরমদি হিরণ্যগর্ভ হায়বসি পরব্রহ্মগী অহানবা উৎপা শকওংনি। ওঁ না সগুণ, নির্গুণ ব্রহ্মগী মশক ওই। ওঁ গী খোল্লাং শুনা নাকোংনা তাবা ফংলবদি মদু সগুণ ( মশক নাইবা) ব্রহ্মনি। অদুগা ওঁ গী শরুক্তা অর্দ্ধমাত্রা ওইনা খায়দোক্লবা কানদা মখোল থোকপা ঙমদ্রবদি মদু নির্গুণ ব্রহ্মনি। ওঁ গী কোকথক্তা লৈতেংগী মশকগুম লৈরিবা অনুস্বার (মদুদা 'ম' ময়েক তিনশিনখিবা) অসি মশক, মওং মগুণ লৈতবা ব্রহ্ম অদুনি হায়। যোগীশিংতনা খঙবা ঙম্মী। ঈশৈগী সুর তরেৎ লৈবগী মনুংদা গন্ধারগী সুরদা থোক্লকপা মখোল ওইবনা মসিবু গান্ধারী কৌই। অনুস্বারগী খোল্লাং অসি থোক্লকপা মতমদা কোক্তা য়ৈ, হকচাং পূম্নমক্তা ককচেংনা চৎপগী মতৌগুম্না ফাওরকই। (মার্কণ্ডেয় পুরাণ সর্গ ৪২)।

ব্রহ্ম অমসুং পরম ব্রহ্মগী মশক 'ওঁ' না ওই হায়না যমনা নচিকেটাদা হায়। মরূনা মথক্তা থাংগৎলগা হৌই হায়রিবা তলাপামেন অচৌবা অশ্বত্থ (খোংনাং, হৈবোং পান্থী) অদু ব্রহ্মনি, ওঁ নি। আকাশ, নুংশিৎ, মৈ ঈশিং অমসুং পৃথ্বী অমসুং মখোয় অসিদগী ওইবকপা খুৎশেমশিংনা উপাল অসিগী মশা মউনি। বেদশিংনিসু হায়। মিৎথক্লা ঙাল্লিবা মঙাল অদুনা ব্রহ্ম (ওঁ) গী মঙালনি। ওঁ না খ্বায়দগী অরোয়বা অথুপ্পা অমসুং অথোইবনি। ওঁ গী মশক খঙলবদি অনিংবা পূম্না থুংহল্লি। (কঠোপনিষদ্ ২। ৬। ২. গীতা ১৫ ১-৩)।

বেদশিং উপনিষদ্‌শিংগী মিৎয়েংদা ওঁ হায়বসি অচুম্বা (ঈশ্বর) গী স্বরূপনি। দর্শন শাস্ত্রনা ওঁ বু প্রকৃতি, পুরুষগী শকওংনি হায়। তন্ত্রনা হর গৌরীনি হায়না লৌই।

ব্রহ্মনা মশাবু শকওং অহুম থোক্লা উৎলকই। (বৃহদারান্যক উপ: ১। ২। ৩) শকওং অহুম হায়রিবসি ওঁ গী মাত্রা অহুমবু খঙনৈ। মসি গায়ত্রীগী মখোঙ অহুমনি, ব্রহ্মগী মখোঙ অহুম পাল্লি হায়না উপনিষদ্‌শিংনা লৌনরিবদুনি। মখোঙ অহুম অসিদগী বেদ অহুম অমসুং, ব্যাহৃতি অহুম – ভূঃ ভুবঃ স্বঃ হায়বসি থোক্লকই। অ-কাব (অ) দগী "তৎ সবিতূর্ব্বরেণ্যম্" হায়বসি থোক্লকই। মসিনা পাকথোক শন্দোক্লক্লগা ঋগ্‌বেদ অমসুং ভূঃ হায়বসি ওইরকই। উ-কার (উ) দগী "ভর্গোদেবস্য ধীমহি" হায়বসি থোক্লকই। মসিনা পাকথোক্লক্লগা যজুর্ব্বেদ অমসুং ভুবঃ ওইরকই। অদুগা ম-কার (ম) দগী "ধিয়ো য়ো নঃ প্রচোদয়াৎ" ওইবকই। মসিনা পাকথোক্লক্লগা সামবেদ অমসুং স্বঃ হায়বসি ওইরকই। অহানবগী বেদ অসিনা স্তুতি-পর (ভক্তিদা লুপশিনবা) নি, অনিশুবনা ক্রিয়াপব (কর্ম্মদা লুপশিনবা) অদুগা অহুমশুবগী অসিনা জ্ঞান-পর। (জ্ঞানদা পূক্নিং লুপশিনবা) বু খঙনৈ।

ব্রহ্মগী অহানবা মখোঙ "অ" না বৈশ্বানবনি; (ভূঃ) পৃথ্বী মাগী অপৌবা হকচাংনি, জাগ্রতগী (মীকপ থোকপা) শকওংনি। মাত্রা অসি 'অ' পূম্নমক্তা শন্দোক্নুনা লৈ, ময়েক পূম্নমক্তা য়াওদুনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা গীতাগী ১০। ৩৩ দা হায়– "ময়েক পূম্নমক্কী মনুংদা মহাক 'অ' নি (বর্ণানাম্ আদি অহম্)।

অনিশুবা মখোঙ 'উ' না তৈজস্ ( হিরণ্যগর্ভ ) নি, ভুবঃ ( পৃথ্বীগা স্বর্গগা অনিগী মরক্তা লৈবা মালংগী লম-অন্ত:রিক্ষম্ ) না মাগী অকুপ্পা হকচাংগী শকওংনি স্বপ্ন ( মঙ মঙবগী অবস্থা ) গী মশক্লি। হিরণ্যগর্ভনা বৈশ্বানরদগী থাক ৱাংবা হেল্লি। মরমদি অপৌবা শকওংদগী অকুপ্পা শকওংনা থাক ৱাংবা হেল্লি। খুৎশেম ওইরকত্রিঙৈগী মমাংদা তন্মাত্র হান্না শেম্মী। হিরণ্যগর্ভনা তন্মাত্র মনুংদা চংদুনা লৈ। উ-কারগা হিরণ্যগর্ভগা মান্নে হায়না খঙবা মহাক অদু জগৎ অসিগী মনুংদা ওইরিবা অকুপ্পা তন্মাত্রগী মরম লোইনা খঙই হায়। ব্রহ্মগী অহুমশুবা মখোঙনা 'ম' নি; কারণ শরীরনি; সুষুপ্তিনি (তূমখুলহুন্না তূম্বগী অবস্থা), প্রাজ্ঞনা মাগী হকচাংনি। কারণ শরীরদগী অপৌবা অমসুং অকুপ্পা খুৎশেমশিং থোক্লকই। 'ম' না অরোইবা মাত্রা ওইবনা মমাংগী মাত্রা অনিগী মরম খঙই। 'ম' হায়বা খোল্লাং অসি থোকহল্লকপা মতমদা চিনবান অসি উমশিল্লি অদুগা। 'অ' অমসুং 'উ' না 'ম' দা লুপশিন্দুনা লৈখি। 'ম' অসি 'মা' হায়বা মরূ অসিদগী হৌরকই। 'মা' না মতিক মগুণ অসিনি হায়বা খঙহল্লি। অরোইবা মাত্রা 'ম' অসি রুদ্রনি। 'ম' অসি লাম্বোল্লগা তুরীয় লৈ। তুরীয়দা আনন্দ লৈ। তুরীয়বু সান্ত অমসুং জ্যোতি হায়নসু খঙনৈ। আনন্দ ফংগে হায়বদি সুষুপ্তি লাম্বোল্কনি। সুষুপ্তিগী মপুদি রুদ্র ওইবনা শিবগী কৃপা নত্তনদি সুষুপ্তি লাম্বোল্লগা আনন্দ ফংবা ঙমদে। মরম অসি লৈবদগী রুদ্রবু মী খ্বায়না কিনৈ।

ব্রহ্ম হায়রিবসি তেজ মঙালগী মশক্লি। মঙাল হায়রিবসি নুমিৎপু খঙনৈ। ছান্দোগ্য উপনিষদ্না হায়রিবা উদ্গীথ অসি নুমিৎনি, অদুনা উদ্গীথ প্রণব ওঁ নি। ওঁ গী মাত্রাশিং অসিনা লংলা লংজিন্দি ওইবগা ময়ুং মফেল নাইনা শাবা ফিগী মতৌগুম্না জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শাবগা ওঁ (নুমিৎ) গী মনুংদা থুপ্তুনা লৈ। মাত্রা অহুম অসিনা শকলোন মঙা থোক্লা থম্মোই লায়ুমগী মনুংদা লোত্তুনা লৈ। মঙা অদুদি প্রাণ অপান ব্যান সমান উদাননি। উপ-প্রাণ মঙা-নাগ, কূর্ম, কৃকর, দেবদত্ত অমসুং ধনঞ্জয় হায়রিবা অসিসু ওঁ নি। অহানবগী মঙা অসিনা প্রাণ কৌই। অকোনবগী মঙা অসিনা বায়ু কৌই। কাল, নাদ, বিন্দু, ভূঃ, ভুবঃ, স্বঃ, মহঃ, জনঃ, তপঃ, অমসুং সত্যম্ হায়রিবসি ওঁ নি।

তাইবং মালংদা অচৌবা শক্তি অমনা চংদুনা লৈরিবদু নুমিৎনি। মতৌ অদুগুম্না জীবগী থম্মোয় লকাগী অহাংবা আকাশদা অচৌবা পরম তেজ অমা চংদুনা লৈরিবদু ওঁ নি। নুমিৎনা মপানগী আত্মানি, প্রাণনা নুংগী আত্মানি। নুমিৎনা কোয়লেঙ লেঙলগা অহিং নুংথিন ওইহল্লি। নুংগী আত্মা ওঁ না হকচাংগী মনুংদা কোয়না চৎলগা জাগ্রত, স্বপ্ন, সুষুপ্তি অমসুং, তুরীয় অবস্থা ওইহল্লি। মাণ্ডুক্য উপনিষদ্না অবস্থা মরি অসিবু ব্রহ্মগী মখোঙ মরিনি হায়না লৌই। ব্রহ্ম উপনিষদ্না ব্রহ্ম (ওঁ) গী লৈফমবু হকচাংগী মফম মরিদা তাকই। মফম মরি অদুদি-- মিৎ, থম্মোই, খৌনাউ অমসুং কোকনি। জাগ্রতগী মতমদা ওঁ না প্রকৃতি পুরুষগী শকওং লৌরগা মিৎ য়েৎ অমসুং ওইদা লৈ। য়েৎথংবা মিৎতা লৈবনা নুপানি, ইন্দ্র কৌই, অদুগা ওই থংবদা লৈবনা মাগী লোইনবী বিরাজ কৌই। থম্মোইদা লৈবা ঈ মতুম অমনা মখোই অনিগী চান্নবা চীঞ্জাক ওইরকই। অয়ুক, নুংথিলগী মতমদনা মখোয় অনি খায়দোক্লরগা তোঙান তোঙান্না লৈ। অহিংগী মতমদনা থম্মোই হৃদয় কমলদা লাক্লগা পুন্না লৈমিন্নরৈ। (মৈত্রায়ণ উপ: বৃহদারণ্য উপ: ৪। ২। ২-৩)। স্বপ্ন অবস্থাদনা খৌনাউদা লৈ। সুষুপ্তিদনা থম্মোইদা লৈ। তুরীয়গী থাক্তনা কোক্তা

লৈ। জাগ্রতনা ব্রহ্মা, স্বপ্ননা বিষ্ণু, সুষুপ্তিনা রুদ্রনি, অদুগা তুরীয়গী থাক্তনা খ্বায়দগী অথোইবা পরম ব্রহ্ম অদুনি। অবস্থা মঙা শুই হায়না মণ্ডুন ব্রাহ্মণ উপনিষদ্না অমুক হায়। মঙা অদুদি জাগ্রত, স্বপ্ন, সুষুপ্তি, তুরীয় অমসুং তুরীয়াতীতনি। তুরীয়াতীত হায়রিবসি তুরীয়াগী ৱাংমদা লৈ। হংস উপনিষদ্না হায়বনা হংসনা নাউদা লুপশিন্দুনা লৈবা কাল হায়বদি মখোলগী অরোইবা, বাক্য অমসুং মনগী ৱাংমদা লৈবা কালদা তুরীয়াতীতগী অবস্থা ওইরকই।

ওঁ গী মাত্রা অমমম্না করম করম্না শকওং লৌবগে হায়বগী মতাংদা য়াম্না কুপ্না নৈনজনিংই। অদুবু মদু নৈনরুবা তারবদি য়াম্না শাংথ্রনি, অদুনা মদোমদা থোইনা চংশিল্লুদ্রে।

ওঁ গী মগুণ থাবগী লোইবা লৈতে। ওঁ দা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি তুংদুনা লৈ। ওঁ দা জীবনা লেঙলি। ওঁ দা জীবনা হিংলি। শিরবা কান্দসু ওঁ দা হনখিগনি। ওঁ দা সংসারগী শকওং মীওইবনা থিরি। ওঁ শক্তিনি, থৱাই পানবগী থৱাইনি। বেদশিংগী যোনি, লোল পূম্নমক্কী হৌরকফম্নি। পোৎশক পূম্নমক ওঁ দা চংদুনা লৈ। ধর্ম্ম পূম্নমক্কী অমসুং শাস্ত্র পূম্নমক্কী হৌরকফম্নি। ওঁ খ্বায়দগী চাউবা মন্ত্রনি। মখোল পূম্নমক ওঁ-কার ধ্বনিদা তিনশিনখি। ৱাহৈ পূম্নমক অরোইবদা ওঁ ওইখি। খোইমুনা লৈনাদা তোংদুনা গুণ গুণ হায়না ঙংবা, কোকিলগী নুংশিবা খোম্লাং, খোইনিংগী খোয়থুম্নরবা ঈশৈ, ঈশৈগী স্বর তরেৎ, মৃদঙ্গ অমসুং তফৎগী মখোল, বাঁশী অমসুং তৌদ্রিগী মখোল, প্রেমিক প্রেমিকাশিংগী নুংশি নুংওনগী ঈশৈ গঙ্গাগী ঈচৈনদগী থোক্লকপা মখোল অচিকপা অতিংদা অথাপ্পা চীংজাউদগী চেম্বকপা ঈশিংগী ঈরাওখোল, তাম্না লৈথ্রবা মফমদগী লাকপা খোম্লাং চরাম্নরবা নোংশাগী মখোল, শগোন্না খোংবগী মখোল, অতিযাদা লাউখোংবা নোংগী মখোল, চেল্লিবা গাড়ীদগী থোক্লকপা ইঞ্জিনগী মখোল, কৈথেল ওমখৎলকপগী মখোল, হরাউ-মথোই কারবা ভাবক্না খুবাক খুরকপদগী থোক্লকপা মখোল বক্তাশিংনা হৈশিংনা ৱা ঙাংলকপদগী থোক্লকপা মখোল খারৌনা হা-হা কামলকপদগী ওইরকপা 'খু' 'খু' মখোল, নৱাগী অকপ্পা মীরাওখোন, শোল্লবা মীওইশিংগী খাঙঙমদবা চৈনাখোন্দগী থোক্লকপা নুংগী মৈচাক মখোন, অহল মতম ওইরবনা খুত্তা চৈশু পায়দুনা অৱাংবা দাড়ি কাখৎলকপদা থোক্লকপা হায়ুম হয়াগী তেংথাখোল পূম্নমক ওঁ দগী থোকলকই। অসিদসু নত্তে, কয়া অমা লৈরি। (ব্লিস ডিভাইন– শ্রীস্বামী শিবানন্দ)।

ওঁ না বেদশিংগী মন্ত্রশিংগী মনুংদগী অথোইবনি। মন্ত্রশিংগী অহৌবদি ওঁ না ওই। ওঁ হান্না শোন্দ্রবদি বেদ পূম্নমক পাঠ তৌকবগী কান্নবা ফংবা ঙমদে। ওঁ কারনা নামনি, ব্রহ্মনা নামীনি অনি অসিগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে। (তৈত্তরীয় উপ: ১/১)। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ওঁ গী অপৌবা হকচাংনি, ওঁ হায়না শোল্লগা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা হৌগনি। কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অমা য়াবদা ওঁ হায়না শোল্লি অতৈ অতোপ্পা ৱাহৈ অমা শীজিন্নদে। সাম-গান তৌবশিংনা অহানবদা ওঁ শোল্লি, মতুংদা সামপাঠ তৌই। ব্রহ্মাসু অহানবদা ওঁ শোল্লি অদুগী মতুংদগী যজ্ঞ তৌবা হৌহল্লি। মতৌ অদুগুম্না পুরোহিতশিংনা ওঁ শোল্লবা মতুংদা অগ্নিহোত্র যজ্ঞ তৌবা হৌহল্লি।

ওঁ বু ব্রহ্মনি খল্লগা ধ্যান তৌ, শোয়দনা সুক্লা মল্লবা মায়াগী ঈপাক অসি লাল্লগা মোক্ষগী খোঙবান অদু থুংবা ঙমগনি। (মুণ্ডক উপ: ২। ৬)। ওঁ হায়বা খোঙ্থাং অসি লাউবা মতমদা কোক্তা য়েরুই। ধ্যানদা লুপশিন্দুনা ওঁ দা ধ্যান তৌরগা অরোইবা ব্রহ্মদা তিনশিনখি। (মার্কণ্ডেয় পুরাণ সর্গ ৪২)।

শ্রীকৃষ্ণনা গীতাগী ৮। ১২-১৩ দা হায়– কনাগুম্বা অমনা মন, ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চনশিল্লগা কৃষ্ণ ঐসু ধ্যান তৌদুনা লৈরগা প্রণব ওঁ বু শোঞ্জববদি মহাক্কী অরোইবা য়ৌরক্লুনা থবায়না হকচাং পোলাং থাদোক্লুনা চৎখ্রবা কান্দা আনন্দগী মশক ওইরবা ঐগী ধাম য়ৌবা ঙম্মী অদুগা ঐগী চরণ থম্বালবু ফংজবা ঙম্মী।

কনাগুম্বা যোগী অমনা ওঁ দা ধ্যান তৌরবদি কর্ম্মগী ফল পুম্নমক চংবা ঙমদে ; পাপ কোটি কয়া তৌখ্রবসু কোকপী। ( বরাহ উপ: নাদবিন্দু উপ: ) ব্রহ্ম ফংনবগী উপায়শিংগী মনুংদা ওঁ কারনা খ্বাইদগী অথোইবনি। (কঠো উপনিষদ্ ১৬। ১৭)

ওঁ দা ধ্যান তৌরগা মায়া সংসারগী পোকপা, শিবগী চক্রদগী নাল্লোকহল্লি। ঋগ্বেদ ৪। ৫৮। ১-২- মহানারায়ণ উপ: ১২। ৮-৯।

কনাগুম্বা অমনা ওঁ গী অহানবা মাত্রা 'অ' ঙাক্তদা ধ্যান তৌরবদি মহাক ঋগমন্ত্রনা লমজীংলগা ইহলোক ( পৃথ্বী ) দা অমুক হল্লকই। পূণ্য চেনবা শ্রদ্ধা ভক্তি লৈবা ধ্যান তপদা পূক্নিং লুপশিনবা অমা ওইনা পোকলকই। (প্রশ্নোপনিষদ্ ৫। ৩)।

অনিশুবা মাত্রা 'উ' দা ধ্যান তৌরবদি যজুর্ব্বেদগী মন্ত্রশিংনা মহাকপু চন্দ্রলোক তান্না পুবী। মফম অদুদা পুণ্য কর্ম্মগী ভোগ চাবা লোইরগা অমুক পৃথ্বীদা হল্লকই। হায়রিবা মাত্রা অ + উ দা পুন্না ধ্যান তৌরুরবসু পৃথ্বীদা অমুক হল্লকই। চন্দ্রলোক হায়বসি স্বর্গনি। পৃথ্বী অমসুং নুমিৎ অনিগী মরক্তা লৈবা মফমনি। (প্রশ্নোপনিষদ্ ৫/৪)

মতৌ অদুগুম্না অহুমশুবা মাত্রা 'ম' দা ধ্যান তৌববদি সংসারদা হন্না হন্না লাক্লুনা পোকপা, শিব থেংনরে। অদুগা মাত্রা অহুমদা পুল্লপ্না ধ্যান তৌরবদি সামবেদনা দেবযান মার্গ, ক্রম মুক্তিগী লম্বীদা চৎলগা নুমিত্তা তিনখি। ( প্রশ্নোপনিষদ্ ৫/৫ )

ওঁ হায়বসি সংসার সাগর লান্নবগী হিনাউনি। ওঁ বু মতম খিবিক্তা শোন্দুনা লৈরগা তাইবং ঈপাক অচৌবা লাল্লগা ভগবানগী শ্রীচরণ সেবা ফংজবা ঙম্মী। ❑

# শূদ্রককী মৃচ্ছকটিকম্

**নীলবীর শাস্ত্রী**

শূদ্রকনা ইবা মৃচ্ছকটিকম্ সংস্কৃত লোলগী ফাওরবা মাগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমা লৈবা নাটক অমনি। ঐখোয়না ঙসি নাটক হায়না খঙনরিবা সাহিত্যগী মখল অসি সংস্কৃত সাহিত্যদা রূপক হায়না খঙনৈ। রূপক অসি মরুওইবা মখল তরা থোক্লা খায়দোকই। মদুদি— নাটক, প্রকরণ, অঙ্ক, ব্যায়োগ, ভাণ, সমবকার, বীথী, প্রহসন, ডিম, ইহামৃগ হায়রিবা মখল তরা অসিগী মনুংদা মৃচ্ছকটিকম্ অসি প্রকরণ হায়না খঙনবা নাটক অদুনি। মখল তরা অসিগী মথক্তা উপরূপক হায়বা নাটক্কী মখল তরানিপাল অমুকসু লৈরি। মদুদি নাটিকা, প্রকরণী, ভাণ, ত্রোটক সট্টক, প্রেঙ্খণ, গোষ্ঠী, নাট্যরাসক, রাসক, প্রস্থানক, উল্লাপ্য, কাব্য, সংলাপক, শ্রীগদিত, শিল্পক, বিলাসিকা, দুর্মল্লিকা, হল্লিশ।

হৌজিক নৈনজগদৌরিবা অসি মৃচ্ছকটিকম্ হায়না কৌবা প্রকরণ হায়বা মখলগী নাটক অদুনি। অহানবদা প্রকরণ করিনো হায়বদু তেনতক্লা পঞ্জগে। সংস্কৃত সাহিত্যগী সমালোচনাগী লাইরিক সাহিত্য দর্পণগী মতুংইন্না প্রকরণগী ৱারীদু তাইবংপানগী কবিগী কল্পনা হায়বদি খুৎশেম ওইগনি, শৃঙ্গারনা মপৃং ওইবা রস ওইগনি। ব্রাহ্মণ, মন্ত্রী, ললোনবশিংগী মরক্তগী কনাগুম্বা অমনা নায়ক ওইগনি। নায়ক অদু ধীরপ্রশান্ত হায়বদি তপ্পা-ইংবা ওইগনি। মাগী ওন্ন-তৈনবা ফিভম কয়াদসু ধর্ম্ম অর্থ (লন), কাম (অপাম্বা) দা মায় ওনশিনগনি। প্রকবণগী নায়িকা অদু শাগৈগী মৌ নত্রগা ওক্তবী ওইগনি। করিগুম্বা প্রকরণদা শাগৈগী মৌ অমসুং ওক্তবী অনিমক্লা নায়িকাগী মশক ওইগনি। নায়িকাগী মখলগী মতুংইন্না প্রকরণগী মখল অহুম অমুক খায়দোকই। কাব্যেন্দু প্রকাশগী মতুংইন্না শুদ্ধ, ধূর্ত অমসুং মিশ্র হায়না প্রকরণগী মখল অহুমগী মমিং পীরি। লুহোংদুনা লৌবা নুপীনা নায়িকা ওইরবদি মদুবু শুদ্ধ প্রকরণ কৌই, কনাগুম্বী ওক্তবীনা নায়িকা ওইরবদি ধূর্ত অমসুং শাগৈগী মৌ অমসুং ওক্তবী অসিনা নায়িকাগা ওইরগনা মিশ্রপ্রকরণ কৌই।

মৃচ্ছকটিকম্ অসি তাইবংপানগী ওইবা মীওইবগী সমাজদা যুম্ফম ওইবনি অমসুং অইবগী কল্পনানি। মসিগী রস শৃঙ্গার (নুংশি-নুংওল) না মপৃংনি। লোয়ননা করুণ (অৱাবা) হাস্য নোক্লিংবনচিংবা রস কয়াসু য়াওরি। মসিগী নায়ক ওইরিবা চারুদত্ত ব্রাহ্মণনি অমসুং ললোনবা মীনি। য়াম্না লাইররবসু ধর্ম্ম, অর্থ অমসুং কামদা মায় ওনশিনবনি। মসিগী নায়িকা অনিনি, অমনা বসন্ত সেনা কৌবী ওক্তবীনি, অতোপ্পা অমনা শাগৈগী মৌ ধূতানি। প্রকরণ অসিদা ফত্তবা জ্বারী, লমচৎ নাইদবা কয়াসু য়াওরি। মরম অসিদগী দশরূপক্কী মতুংইন্না মসি সংকীর্ণপ্ররণ কৌবা য়াই— ''সঙ্কীর্ণংধূর্ত সংকুলম্''।

মৃচ্ছকটিকদা চারুদত্ত অমসুং বসন্তসেনা অসিগী নুংশি-নুংঙনগী ৱারীনা মপূংনি। চারুদত্ত, উজ্জয়িনীগী লাইররবা, মীনদি সম্মান তৌবা মপা-মপু লল্লোন-ইতিক তৌরকপা ব্রাহ্মণনি। বসন্তসেনা ওক্তবী শকহেনবীনি, মগুণসু লৈবিনি। মহাক লন-থুমগী মীহৌবসু লৈখিদে অমসুং চারুদত্ত নত্রগা অতৈ কনাগী মফমদা অপাম নুংশি ৱাখল থমখিদে। প্রকরণ অসিদা তাঙ্কক তরা লৈ।

লৈতেং শিন্নবা কৌবা অহানবা অঙ্ক— চারুদত্তগী মরূপ চূর্ণবৃদ্ধনা পীরকপা ইন্নফি পুদুনা বিদূষক (মৈত্রেয়) লাকই। মতম অদুদা চারুদত্তনা বিদূষক্তা লমলোং মরি ফাংবদা লাইরেম্বীশিংগীদমক পোৎ-চৈ কখোল্লকুনবা হায়। মদুদা, বিদূষক্লা মরৈ মরা তৌই। তাঙ্গাসিদা চারুদত্তনা মাগী লৈত-লাইরগী ৱা নিংশিংলকই। বিদূষক্লা রদনিকা কৌবী সেবা-লংবা তৌবী নুপী অমগা লোয়ননা চৎকে হায় অমসুং চৎনবা শেম শাই। তাঙ্গাসিদা বিট অমসুং শকারনা তান্নরক্লবী বসন্তসেনানা চারুদত্তগী য়ুময়াদা লাকই অমসুং য়ুমদা চংশিল্লকই। বিদূষক্লা রদনিকাগা লোয়ননা মপাল থোক্লকপদা শকারনা বসন্তসেনা ওইরবোই নিংদুনা রদনিকাবু ফায়। বিটনা বসন্তসেনা নত্তে তাকপদগী রদনিকাবু থাদোকই। মতম অসি থারম্বা কালদি সন্ধ্যা মতুংনি। বসন্তসেনানা তুংগী কান্নগদবা আশা অমগা লোয়ননা মাগী সনাগী লৈতেংশিং চারুদত্তদা শিন্নরম্মী। চারুদত্তনা বসন্তসেনাবু ময়ুমদা থির্নাবিরুই।

জুৱারী সংবাহক কৌবা অনিশুবা অঙ্ক— বসন্তসেনা মাগী মনাইনুপী মদনিকাগা লোয়ননা চারুদত্তগী মরমদা ৱাবা য়াই। মতম অসিদা সংবাহক লাকই। জুৱারী ময়ামগী মকোক মাথুরনা জুৱাবী ময়ামগা লোয়ননা জুৱার শান্নবদা শেল মাঙলবা সংবাহকবু শেন্দোলগীদমক তান্নরকই। পুকচেল চাওরবী বসন্তসেনানা মাগী সনাগী লৈতেংশিং পিদুনা সংবাহকপু শেন্দোলদগী কোকহল্লি। মতুংদা সংবাহক সংসারগী ওইবা অপাম্বা থাদোক্তুনা বৌদ্ধ ভিক্ষু ওনখি। বসন্তসেনাগী অঙাওবা শামুনা মাবু লম্বীদা ফায়। বসন্তসেনাগী মনাই কর্ণপূরক্লা মাবু শামুদগী কনবি। চারুদত্তনা পেল্লদুনা কর্ণপূরকদা মাগী ইন্নফি মনা ওইনা পিথোকই।

শগুন তৌবা কৌবা অহুমশুবা অঙ্ক— চারুদত্ত অমসুং মৈত্রেয় ঈশৈ তারুবদগী হল্লকই। মখোয় অনিমক ময়ুমদা হল্লক্লগা তুমথখি। শর্বিলকনা মাগী চান্নজবী মর্দানকাবু বসন্তসেনাগী মীনাইগী ফমদগী তোকহন্নবা (মমল হন্নবা) চারুদত্তগী ময়ুমদা শগুল তৌবা চংই। বসন্তসেনানা থৈদুনা থনম্না মাগী লিকশিং অদু হূদুনা পুরকই।

মদনিকা শর্বিলক কৌবা মরীশুবা অঙ্ক— অঙনবা অয়ুক্তা শর্বিলকনা মানা হূরকপা সনাগী লৈতেংশিংদু পুরক্তুনা মদনিকাগী মনাক্তা লাকই। লীকশিংসি চারুদত্তদগী হূরকপনি হায়না খঙলবদা মদনিকা য়াম্না ৱাজৈ অদুমকপু মানা য়াম্না হৈশিংনা লীকশিংদু বসন্তসেনাদা পিরুই। বসন্তসেনানা মদনিকাবু মীনাইগী শিনফমদগী কোকথোকপি। বসন্তসেনানা থৈদুনা থল্লম্বা সনাগী লৈতেংশিং মাঙখ্রে তাবদা চারুদত্তগী ধূতানা মাগী মনি পরেং মপুরোইবদা পীরে অমসুং চারুদত্তনা মণি পরেংদু বিদূষক থাদুনা বসন্তসেনাদা য়ৌহনখি।

দুর্দিন কৌবা মঙাশুবা অঙ্ক— বসন্তসেনানা বিট অমসুং চেটীগা লোয়ননা চারুদত্তগী মনাক্তা অভিসার (মাগী চান্নবগা উন্নবা চৎপা) লাকই। নোং মংবা নুমিৎনী, অতিয়াদা অমংবা নোংমা ফুইনা হৌরক্লি, নোং খোংলি, নোংথাংসু কুপ্লি। অসোমদা চারুদত্তসু খৌরাংনা ঙাইরি, বসন্তসেনা ইচোৎ চোৎনা হল্লকই অমসুং অহিং চারুদত্তগী যুমদা লেকই।

গাড়ী ওন্নবা কৌবা তরুকশুবা অঙ্ক— অঙনবা অযুক্তা চারুদত্ত পুস্পকরণ্ডক কৌবা লৈকোলদা লাকই। অসোমদা রদনিকানা চারুদত্তগী মচানুপা রোহসেন পুদুনা লাকই। রোহসেন্না যুম্লোন্নবগী মমান্নবগী মমানা শাবা গাড়ী উরগা মাগী লৈপাক্লা শাবা গাড়ী অদু পামদে, মাসু সনাগী গাড়ী শান্নগনি নিংঙাই তৌই। বসন্তসেনানা মাগী সনাগী লৈতেংশিংদু রোহসেনগী লৈপাক্কী গাড়ীদা হাপচিল্লি। মতুংদা মহাক পুস্পকরণ্ডক বনদা চৎনবা শেম শাই। শোইখিবদগী চারুদত্তগী গাড়ীদদি তোংদদুনা মনাক্তা থাদুনা লৈরম্বা শকারগী গাড়ীদা তোংলুই। মতমসি পালক নিংথৌনা ফাদুনা থম্লম্বা আর্যকনা নাম্বোক্তুনা লাক্লগা চেল্লক্লগা হাঙনা লৈরম্বা চারুদত্তগী গাড়ীদা তোংখৎলুই। গাড়ী থৌরিবা মীনসু বসন্তসেনা তোংলে হায়না খন্দুনা থৌদুনা চৎখি। লমখাংদা নিংথৌগী সিপাহি চন্দনক অমসুং বীরকনা গাড়ী খাম্মী। চন্দনক্লা বন্দীদগী নাম্বোক্তুনা চেল্লক্লিবা আর্যকপু উরগা মহাকপু কনগনি হায়খি। বীরকনা য়েংগে তৌবদা চন্দনকনা খাম্মী অমসুং মখোয় অনি খৎনৈ। অসুম্না চন্দনক্কী ঈঙ্গিৎ মতুংইন্না গাড়ী থৌদুনা চৎখি অমসুং আর্যকনা নাম্বোকখি।

আর্যকাপহরণ কৌবা তরেৎশুবা অঙ্ক— চারুদত্ত মনুং বিদূষক্লা গাড়ী ঙাইদুনা লৈ। গাড়ী থৌরক্লবদা য়েংলুবদদি মাগী গাড়ীগী মনুংদা আর্যক ওইনা য়াওরল্লে। মানা চারুদত্তদা চঙজবদগী পুল্লিবা য়োৎহ্লিং অদু কনথৎপিদুনা থাদোকখি। চারুদত্ত অমসুং বিদূষকসু ময়ুমদা চৎখি।

বসন্তসেনাগী খৌরি মেনথৎপা কৌবা নিপালশুবা অঙ্ক— ভিক্ষু (বৌদ্ধ লম্বোইবা) পুস্পকরণ্ডক লৈকোন্দা লাকই। শকারনা মাবু ফুবিগে তৌই। পাম্বৈ অমনা নাম্বোক্তুনা চৎখি। মতম অসিদা বসন্তসেনা মফম অদুদা য়ৌরকই। গাড়ী ওন্নবা তোংদুনা লাক্লবী বসন্তসেনাবু ইথা থাজদনা মখুৎ চল্লবদা অহানবদা নুংশি-নুংওনবা ৱাহৈ কয়ানা থেম্মি। মাগী অপাম্বগী মথা পোল্লু য়াদ্রবা বসন্তসেনাবু খৌরি মেখৎলি। শিরে হায়না খন্দুনা উনানা কুপশিন্দুনা থম্লল্লগা ৱায়েনশঙদা চত্তুনা চারুদত্তনা বসন্তসেনাবু মরীক-মকোল মুল্লগা হাৎতোক্লে হায়না ৱাকৎপা চৎখি। বৌদ্ধ ভিক্ষুনা মাগী অচোৎপা ফি ফৌবা লাকপদা উনা মরক্তা মখুৎ লেঙলকপা উবদগী য়েংলুবদা বসন্তসেনা ওইরমদুনা সেবা লংবা তৌবিরগা বসন্ত বিহারদা পুখি।

ৱয়েনবা কৌবা মাপলশুবা অঙ্ক— মীওৎ-মীনৈদা হালেংবা লৈত্রবা নিংথৌগী মশেল নুপা শকারনা চারুদত্তনা বসন্তসেনাগী মরীক-মকোল মুল্লগা হাৎতোক্লে হায়না ৱাকৎপদগী লোইশংনা নোংদম্ থীবদগী চুল্লে হায়না প্রমাণ তৌদুনা চারুদত্তবু শিবগী দণ্ডী পী।

